*AYUKKI ATIYA*
*(A collection of 45 Manipuri poems)*
*Written by :* ***O C Meira***

Published by : Rajen Khumukcham on behalf of
The Rinda Library & Preservation
Foundation
Sagolband, Khamnam Leirak,
Imphal-795001, Manipur

First Edition : 2007

Cover Design : Y. Randhirkumar
Type Setting : Loken
No. of copies : 1001 (One thousand one)

Printed at: **B.S. Printing Press,** Sagolband Road, near Aryan Theatre, Impha

# অফোঙবগী ৱারোল

মনীং তম্বা পাম্বশিংনা মনীং তম্মা হিংজরিবশিংবু ঈপাক ঈয়ায়দা চিংথদুনা পুথবীরগা ঈরাক্লহনবীরি। ঈরাক্লরবা মখোয়শিংগী মফমদা ঐগী পীক্লবা লংলাসিনা কয়াম কান্নবা পীগদগে ঐ খঙদে। লংলাসিনা কনবা মক ঙমদ্রবসু মীওইপোক ওইরুবনা কন্নীংবগী ৱাখল ফাওবদি ফাওরি হায়বা থৌনাসিনি, মপু মানা ঐগী ৱাখলদা লূ তোংদা নপ্লক্তুনা থবক ওহ্লেক্লগে হোৎনরক্লিবা, অদুবু কদায় ফাওবা, কয়াম য়াম্না মায়োক্লবা ঙমগদৌরিবা মদুসু ঐ খঙদে।

হায়নীংবা হায়দোকপা ঙম্বা, ফোঙনীংবা ফোঙদোকপা ঙম্বা থৌনাদুদা ৱাখলগী পরিংদা পীক্লবা মীৎকুপ অমত্তং মান্নরুবদুনা তিংথোরকপা মাগী খূৎতা ঐগী খূৎসিনা খঙহৌদনা শোকখি। মসিনি হিংমিন্নবগী খোঙজেলদা চহীগী লেংদা খায়দনা তোৎশিন্নখি অমত্তা ওইনা। তৌগে পাঙথোক্কে খঞ্জবা ৱাখলদি লোইনাইদ্রবসু থৌনাদুদি তাইবঙ মপু, পূম্নমক্কী অসুপ্পা মঙোল্দগী নিজরি।

ও সি মৈরাগী অহানবা খুদোল, অয়ূক্কী অতিয়া হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অসি পাবিনবগীদমক মীয়ামগী মফমদা খূৎশিন্নজরি।

ইম্ফাল

১৯-০৯-২০০৭

রাজেন খুমুকচম

# অইবগী ৱারোল

অমুক্কী অতিয়া ঐগী অহানবা লাইরিক্নি। লাইরিক ফোঙনীংবগী ঈথৌ লাংলম্বদুমদি লাইরিকসিনা খরদং ওইরবসু কোকহনবিরে। চহী কয়াগী মমাঙদগী মঙজরকপা মঙশিংদুগী মনুংদা লাইরিক ফোঙনীংবগী মঙদুদি মঙফাওনরে। মচোই মচোই তাদুনা ঐবু ৱাহনখিবা শৈরেংশিং হৌজিক্তি মপূম ওইরে। মপূম ওইনা খোরক্লবা হোংনবদা পাউচে অমদি চেফোঙ খরদা ফোঙথ্রবা শৈরেং খরগী মশক অমদি মমিং হোংগ্রে। ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফালদা পাথোকপ্রবা শৈরেং খরসু অমুক হন্না শেমদোক শেমজিন তৌদুনা লাইরিকসিদা য়াওহনজরি। ফোঙথ্রবা অমদি পাথোকপ্রবা শৈরেংশিংবু অমুক হন্না পূনশিন্দুনা লাইরিক ওহোকপা য়াহনবীবগীদমক মরী লৈনবা খুদিংমক্কী মফমদা নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি।

লাইরিক ফোঙবা ঙমদবগী অন্নাববু কোকহনবিবগীদমক লাইরিকসিবু পূথোকপীরিবা ওঝা রাজেন খুমুকচম, শৈরেংশিং কুপ্পা পাবিদুনা পূক্লিং থৌগৎপীবগা লোয়নননা লাইরিক্কী মিং থোনবীরকখিবা ইয়াম্না থৌদাম নেত্রজিৎ, তেঞ্জবা মতমদা শৈরেং পাবীখিবশিং ওঝা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, ওঝা ডা. শরতচন্দ্র লোঙ্-জোম্ব, ওঝা ডা. মোইরাংথেম প্রিয়বর্ত্ত, ইয়াম্না ডা. নাওরেম বিদ্যাসাগর, দোনেশ্বর কোন্সম অমদি লাইরিক ফোঙনবা কন্না থৌখিবা ইনাও ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম লোয়নননা লাইরিকসিবু নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা বি এস প্রিন্টিং প্রেসকী প্রোপ্রাইটর, ইয়াম্না ইবোহল অমদি ওফসেট পায়বীরিবা ইয়াম্না শরত লোয়নননা বাইন্দিং সেক্সনগী ইচল ইচেশিং, মথুম য়েকপীখিবা ইয়াম্না রনধীরকুমারগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। মিং পনজপ্রবসু ঐগী শৈরেংবু মীমাঙ থোক্লবা হোংনবদা পূক্লিংগী থৌনা পীবীখিবা পীবীখিবীশিংগী লমনদি মতম পূম্বগী ওইনা শিংবা ঙমদনা অসুম্বক লৈরগনি।

লাইরিকসি পাবীনবগীদমক মীয়ামদা থম্মোয় শেংনা খুৎশিন্নজরি।

ইম্ফাল

১৯-০৯-২০০৭

ও সি মৈরা

# য়াওরিবশিং

# উনাগী খাংপোক

পুন্সিগী লম্বীদা পুরক্লরি পুন্সিশিং
ঋাহংনা থল্লবা দষ্টবিন ওইনা ।

হোস্পিটালগী রিসেপসনিষ্ট
অমসুং
পেসেন্টকী ধুপকী তাহ্নি ওন্দুনা
তিনশিল্লি লায়রবনা
সমুদ্র খোংবানগী লৈঙোয়দা
কনাগুম্বশিংগীদময়ক নংত্রগা মশাগী উকন ওইনা ।

লৈঙোয়দু পুখোকখি ঈথক্লা য়ৈদুনা
য়াঙ্গংলবা হিহোনবগী হিদেন তম্লা ।

সমুদ্র খোংবান্দু হান্নগী হান্নগুম ফোং-ফোং শারি
য়ুবী মখোঙগী ঋরী ময়াক হনদ্রি ।

ক্কা মরূনা ঙাংশঙ ঙাঙনা পোপ পোপ কেল্লি
করেম্মরদুনা উনাগী খাংপোক্তা ।

নুংকুপ য়াওবা নোংলৈ নুংশিং পুদুনা
অহীংগী অমম্বনা লাউ খোংদুনা তম্লরকপদা
মুশিরবা মৈঙালদুদা তিল্লরি
ঋাংলবা য়ুমজাওদগী লিংথোরকপা মঙালশিংনা
উনাগী খাংপোক্তা লৈরিবা পূক্লিংগী অচীকপা কৌদুনা ।

# থৌশাবীদ্রবা মমিশিং

থাজদবশিংগীদমক ওইনীংলুবা লাই ওইনীংলি
হায়রকনি খল্লম্বশিং হায়রক্রে
নোংলৈ নুংশিংনা পুরিবা কংলবা উপালদা।

"ওব্রোইদবনি করিসু তৌবীবা"

মপাঙ্গল ফৈ,
অপীকপা চীন্দগী থোরকপা ওইদুনসু,
মতম কুইনা তাশিন্দুনা থম্লক্রমাক্লে খঙহৌদ্রে।

মতাং চারিঙৈ মীচীক মীরাওখোল তাদ্রিঙৈ
মখৈ ফংলবদি লৌথোক্লবসু কায়দ্রে লংথোকখো
চন্নফম লৈত্রবা অমনবা চরৈ,
শেৎলিবা হোংহনবীখিবা চরৈদুগীদমক
মমৌগীদমক করিবুদি তৌবীগ্রবগে ইমাগী মমাঙদা মপারি ওইনা।

খাঙবা ওন্বগী ব্রাংমদা
ব্রারে হায়বা তানা তানা
নোংখোং কোয়নবা হোৎনরিঙৈ
মাঙলুরে ব্রাখলগী লাইয়ুমদগী শেন্নবীরম্বদু
মীরা খল্লিবনি
লাইরা খিরিবনি

কৈনোমা হায়খিবগুমসু তৌবনি নীংশিংদ্রে লৈয়েংসিনা খংপা
ওমদ্রে।
পাখংবা
যীশু
কৃষ্ণ
অলা
বুদ্ধ
মখোয় অমসুং মখোয়দগী হেনবা নীংমরিবশিং
করম্বগী মমাওদনো মথৌনা পূম্বা পুখোক্তুনা
তৌগে য়াওনা মীনুংশি লৈখিবদু
মোংলক্লবদি নৌহৌননা লমখৈসিদা
মমিং পন্দুনা ওমগনি লেপ্পা লৈনখিবা মরী।

উংথোক্লনি ইকায়বা পোক্তনা ইরনশিং
থা লেপত্রিঙৈ মালেমগী মমা ওইনা।

কোয়না য়েংলিবসি উইশিনখিনবনি মীৎসি ব্বারদুনা।

## লোনগী শান্নফম

ফংননবা খুদোংচাবা
ঙাংলিবনি য়া মীনা
লৈক লৈরুবা মফমগী
সিনক্রোনিক অমসুং দাইক্রোনিক শীজিন্নদুনা।

লৈরম্রোই লেঙদবা শক্তম মায়থোঙগী
ঙাংলম্রবদি লাইশু য়া।

থিরিমখৈ লোইদ্রিবসি লাইগী মরমদা
লাইনা য়া ঙাংদবননি।

লাইশিংগী মরক্তা লাইশিং
য়া ঙাংদবা তান্নরক্লে,
লঙজখিবা মরালশিং ঙাকপীনবা
কপ্লি লাইশিং
অনৌবা লাইশিংগী খুয়াদা।

## হায়নীংবসু হায়ররোই

হায়নীংবা ৱাদি য়াম্না লৈ
নুপী অমসুং নুপাগী মরমদা
ঐ ইশাগী মরমদা

অদুবু

শুকছায় হেক হায়বরোই
হায়দবদা লোয়না য়াওরবনি
হায়নীংলম্বা পুম্নমক।

## ঋৈনা কাঙদ্রুম

লাচনফম খঙদ্রবা শকখঙদ্রিবা নোংলীক্লা
নোং ওইনা চুথরক্লি কুমগী কুমমৈদা
হৈথরক্লি তোল্লবশিংগী খাম্বা য়াদ্রবা পি ওইনা।

মমাঙ থোঙদসু
মনীং থোঙদসু
চঙশিল্লক্লি
নোংলীক্লা
শাংকায়রবা কফোই মপাল মান্না।

তান্নরি হানবা অমসুং ঙম্বা
নোংলীক অমসুং অয়াকপা নুংশাগী মৈশানা
কাঙদ্রুম ওলহনল্লবশিংদুগী
থোঙঙাকপা লৈত্রবা য়ুমশিংদা
মপু ওইননবা।

# মৈ ইক্রুবা চেক

অঙাংগী খুৎনা তারিবা
অপেৎপা নাওরি মরূগুম
থরো থরো ওল্লি
খাঙবা হৈবনা।

ইমেজরিগী সিম্বোল ওইনা
ইখুৎ নাম্মা
ইখোঙ নাম্মা
থৌরাংলিবনি ককথংলসিরা হায়না তাইবঙসিদা।

কোংথোক্লিংলে ইমিৎ অমসু
খরসি খাঙলগা লোইশিলহন্নীংদ্রি
হেন্না খঙনীংলি খাঙবগী অন্না মৈচাকসি।

টেক্সেনোমিগী সাইজিন্দা তাংদুনা
থিরিবনি অন্নাবনা পুরকপা নুংঙাইবা।

লোটস ইন্টরদা লোৎলিবনি
অন্নাবা শক্রোন উৎতুনা
ইন্টরনিটিগী লোয়্নাইদবা মশক থোরক্রবা।

## তায়োম্নবা

মীমান্নরিঙে খল্লম্বশিং
লোয়না মাঙগ্রে
মীমান্নদ্রবা মতুংদা।

মরম খঙদনা ওম্থোক্লগ্রে
ঙরাংগী ঐগা
ঙসিগী ঐগা
ঐ থিফম খঙদ্রে !
অমুক্তং ইকায়রুবদা অমম্বসিদা।

লোয়না মাঙখ্রবা
অমাঙবা মরক্তা
অমুক হন্না হল্লক্রোই
অদুঙৈগী ঐদু।

মীমান্নদ্রে খঙনা
পামজনা মীমান্নখিদবশিংগী খুদোল
মীমান্নবশিংনা মুন্নরি
ইকায়বা অমসুং হৌনবা খঙদনা
মালেমগী মনম চেল্লবা কাচিন খুদিংদা।

# শাগৈগী মমা

ফিবূল হাইরি মালেমসিনা
অয়েকপা লাইগুম
কিচ্ছরক্রবা ফক্লাংদা যাল্লগা।

নাউপুরি

শাগৈগী মমা ওইবীশিং
মপাঙ্গল থিফম খঙদ্রবা শাগৈগী পীবাশিংগী।

লাউরি

মমাগী পিবুকনুংদা নবাশিংনা
তাইবঙ ফাওদ্রিঙে য়েক শলাই খঙহল্লু হায়না।

ওনখ্রে

শাগৈগী মমা ওইবীশিংগী পূক্রিং
নবাশিংগী খন্দুনা
কাউথোকখ্রে অপীকপা শাগৈগী পীবাশিং।

তাইবঙ মালং উদ্রিবশিং
শঙলিংবগী খূৎতগী কল্লগে খনখ্রে মমাশিংনা।

# মঙ অমসুং তাইবঙ

কুইরবনি মঙ অমগী মমি তম্রক্লিবা

মঙগে খনবা মঙ অমগী
মঙদুমত্তুংদি মঙনীংলি
মপূং ফানা।

উইশিনবা ঙমদ্রবা মিৎ ওইদুনসু
মঙ মঙনবগী তাঞ্জাদুবুদি ঙাইরিবনি।

অহীং নৎত্রবসু
মতম অমদা হেক্তা
মঙনীংলি মঙদি
মপূং ফাবা মতম অমদা।

মচেংকী মী ওইবনরা
থুগায়দ্রিবা মতম লৈতবনরা
মপূমগী ৱাখল খন্দবনরা
মপূং ফাদ্রি
শেমজিনবা ঙমদ্রি
মঙগে নীংদুনা থৌরাংলিবা মঙসু।

চন্নফম লৈত্রবা অকায়বা লীক্লি
মদুসু খৌবুম থন্না থকতোকপ্রবা য়ুগী
নোক খেবা পাম্বা মচীনশিংনা
খেন্নবা লৈরক্রে মদুগা
মঙগে নীংদুনা উরেপ তমপ্রবা মঙগা।

মচু মচুগী তাইবঙপানদা য়াওবা মঙশিংনা
পুরি তাইবঙবু মঙ ওইনা।

মঙদা য়াওবা তাইবঙশিংনা
তিনশিনখি মপূং ফানা মঙদ্রিবা মঙগী মচাক ওইনা
হাংদোক্লিবা সনথোঙগী থোঙজিন্দা।

# খুদোল

মীগী যূমগা
মান্নদে ঐগী যূমগা।

মীগী কাঙখলগা
মান্নদে ঐগী কাঙখলগসু।

মান্নদে

মীগী মিৎনা উবা তাইবঙ মপুশিংদুগা
ঐগী মিৎনা উবা তাইবঙ মপুশিংগা।

মসিননি ঐনা মীগী পুন্সিগা মান্নবা ঙমদ্রিবা।

# অহোবা হি

ফূমনা কুপশিনখ্রবা ঈয়ায়দা কোকচাওবী কারি ঙা ফাবদু
অহোবা হিরুবাক মেন্নবা।

তিনশিনখ্রী মহাক্কী হুমাংনা
লম্যাক্লরবা হিরমদা
ইকায়রদুনা
লাংদা থুরবা ঙাশিংগী মমাঙদফাও।

মশিংখা ফূদোক্লি নৌ
মিৎয়েংদগী তামখ্রবা লৈরায় ফংনবা,
ফুমঙাক চৈদা ঙারদুনা
ৱাহল্লোক থিরি কোঙ্গোলশিংগী
মূৎশিরা থাউমৈদু চমখৎলদুনা।

কোঙ্গোলশিং তাকখি ঈশিংদা
ঙা ফাবদুনা হেন্না ৱাঙ্গৈ ঈশিংগীদমক কোঙ্গোল ওইনা
লূপশিল্লকবা হিরুবাক্তগী চোংথোকখি ঙাশিং ঈপাক্তা
ফানবা লাক্লরি ঙা ফাবনা ঙাশিংদু
তাশিনখ্রে ঙা ফাবদু ঈপাক্তা পুন্না

অহোবা হিদু তাউরি লূপ্লি-লূপ্লি তৌরদুনা।

# অঙৌবা খুনু

অশংবা উনা চেন্দুনা পাইরিবা
অঙৌবা খুনুনা
পাইশিল্লক্লম্মী নোংমা কোকসিদা
মহুম শাগে হায়না।

লৈরমদ্রে য়াহৌরকপদা
শকথঙদবা নাওরি মরূদা
অমং য়াইথোং কুম্লম্মে।

# মতমগী মচা

মমা মপানা কিবা মচাশিং
মমা মপানা নেক্লি যৃম্নী ওইনবা।

মতমগী লাইনা ওল্লকপা
তম্নরাই মানবা মচাশিংনা
চংশ্রুগে হায়না
চংফমসু খণ্ডনা
মতমগী বাহ্নো
ঈরাং হৌরকপদা
খুদক্তা পীথোক্লখি মচাশিংগী নীংতম্বশিং।

নীংতম্রিবা লৈবাক্কী
নীংতমদ্রবা মমা মপাগী
মীহুন চেনগুম-চেনগানরবা
নীক নীক লাউরবা
অশোনবা থম্মোয়দা
খুদোং চাবা লৌরি মতমসিগী মচা ওইবশিং।

# উপাই থিবা

শংবান্নরক্তি মৈরীশিংনা ঈপাক তম্না
নুমিৎ থোক্লবা নুমিদাংবাইরমগী মশান্না য়েংলদুনা।

মরাম কোন্নীংদ্রবা অমুবা য়েনবীনা অমম্বসিদা
মকোক তাঙলবা অঙৌবা য়েনবাগা লোয়ননা
ঈশৈ শক্তি চন্দরাদা তোংলদুনা
অনৌবা কুম তম্নবা
নোংঙাল্লু য়াদ্রবা নুংথিল পোবোপকী মঙলাক্লকমদা।

খৃৎশা মশীং শুনা থেক্লদুনা
মাঙখ্রবা মহৌশা পুরক্লবা
নোংশাগী মশীংখা পানবা থেঙ্গুগুম্বশিং থেগ্রি
মপাং য়াওদনা হুঞ্জিনফম খঙদ্রবা লমখুনু মপীনা
চেকখায়রবা মালেমগী লৈক্রক অহোবদা লোংলদুনা।

# মিপাইবা

থেংনবা মপা ওইবা ওল্লোইদবশিং

কাওস্লপ

মশক

মমিং

করিমত্তা খঙবা পামদ্রে।

মখোয়

খ্বাইদগী য়েক্লবা তীলনি

অওনবগী।

# পুন্সি (১)

পুন্সিবু শেন্নবিরম্বীদুগা কায়নখ্রে
পোষ্ট মোর্দনিজমগী শৈরেং ইরিঙেদা।

শৈরেং শৈদিম্নফম থিরিঙেদা
ময়ুম পাল্লগ্রে মহাক্তি
মানা ঙমগদবা নুপাদা।

থিরুরে অনৌবা য়েংদুনা
মালেমগী মমা ওইগদবী।

ফেমিনিজমগী শৈরেং পারিঙেদা
মশম মৈনা চাকখ্রবীদুদা
কখোকখ্রে লেমহৌরিবা নুংশিবশিং।

তুংশিনবা হৌরে
লেম্না ফংলকপা লাইরিকশিং
অঙাংগী নিংঙাই থেম্নবা
নুংশিৎ মপী শানবা।

থোকখ্রগা মনীং থোঙদা
মালেমগী মমা ওইবীশিং
লাউরক্লে মমাও থোঙদৈ,
ওহোক্লরসি নুপী নুপা
কুইমল্লে নুপীনা নুপী ওইরকপা।

## পুন্সি (২)

মালেমগী যূমথোঙ খূদিংদা
ট্রেদিশনগী মিৎনা য়েংলুবদা
থিবা ফংদ্রে ফম্মেন ফম্বা নুপা।

মখোল থোক্তনা
মখৌ পোঙলি ফম্মেন ফমদ্রবা নুপাশিং
লোয়নবীনা মপাম চৎশ্রিঙেদা
মনম নুংশিবা থাউ তৈরী নুপাশিং
লোয়নবীনা মৈনীং কৃন্দ্রিঙেদা।

# অনৌবা ৱারেপ

হঞ্জিন হঞ্জিন
মায়থীবা
ইকাইবা নংনবগীদমক
ওইনীংলিবরা নখোয়বু দ্রোনচার্য্যা।

কর্ণ নত্তে ঐখোয়
নত্তে রাম
ঙাকপীবা হৈবা
পেল্ল্বোকপা হৈবা
অখাঙ কনবা
লৈতে ঐখোয়দা লাইনীংগী ৱাখল।

নখুৎকী খুৎশাশিং খুইজবতনি
শীংলি মশীং শুদে লময়ানবগী।

দ্রোনচার্য্যা নত্তে তম্বীরম্বসু
লৌদবনি অদুনা মপুং ফাদবা ৱাখলশিং।

য়ানীংদ্রে নখোয়গী লমচৎসিবুদি
খুদোল তমখোকপগী নুংঙাইবদা
হীংবগী মমল য়াওদ্রবশিং,
নখোয়না তম্বীবা তেনকাপসিনা
পালহনবা ঙমদ্রে লমহেনবশিংগী কোক্তা।

তৈঞ্জেতা মতিংলে
অওনবা থিরিবা মরকসিদা
ওনশিল্লে হৌজিক্তি তৈঞ্জেসি নখোয়দা
অরোইবা ৱারেপকা লোয়ননা।

# থাংথদ্রিবা ইমাগী পোৎলুম

ইমানা শুম্বীরমগনি
ঐনা পীক্তা পীক্লিঙৈ
নাউশুম ঈশৈ শকুনা।

ইমানা ইনবীরমগনি
মচীন্দা তরা চাকপু শায়দুনা
ঐনা হণ্ডা মীকপললকপদা।

হৌজিক্তি
নাউশুম ঈশৈনা শুমবীদ্রে
ইনবীনবা চাকসু শায়দ্রে।

ঐবু লোৎনবা হোৎনবদা
ইমাসি খম থেঙনা ব্বারে।

ঐবু কন্ননবা হোৎনবদা
কাংখদা লোৎতুনা থদ্রিবা ঐঙোন্দা
ইমাগী ফিজোলশিংনা মথং মথং কুপশিল্লকপদা
শেৎনীংঙাই লৈহৌদ্রে
ইমাগী ফিজোল।

হৌজিক্তি
উপায় লৈতনা লাউরক্রে
কোম মনুংদা পাকথৌ ইচাশা।

# ইশুগী খুদোল

ইথৌসু
ইপুসু
ইপাসু
ঐসু
পুরোন তরেৎতা নত্তে
পূম্নমক চৈফমনি।

চৈদুনতসু লৈহৌরগদবনি
মখোয়বু অসুম্না থম্বীরম্মী হায়দুনা।

ইথৌদা ইপুনা
ইপুদা ইপানা
ইপাদা ঐনা
ওৎখিবতনি মপা-মচাগী মরীদা
শোয়বোম্রবা ৱাখলনা,
হঞ্জিন-হঞ্জিন ৱারৌখি
মখোয়গী মচা ওইরুবগী।

অকিবা পোক্লক্লে
ঐঙোন্দা ইচানা
ইচাদা ইশুনা
ঐনা চৈখিবা ইপাগুম
চৈহৌদনবা ঐবু ইচানা
করিবু তৌবা ঙম্রিবগে ?

অপাকপা লম্মাংসিদা মুন্না য়েংবা নত্তনা
লৈতে থারুনবা মরু অমত্তগী মফম।

হনুথরকপদা ফাওরক্লিবা ইপু নুংশিবসি
কদায় লোৎলুবগে নহা ওইরিঙৈ।

লম্বীদা চৎলম্না লেংমান্নবা হনুবশিংনা
ওত্থোক্লা ফীভম চাদনা কোল্লবা মখাং তিংখৎলকপদা
ইপুগী মনমগনদু নীংশিংলকই।

অদুনা

শিরবনি অমত্তা খাক্তনা
লৈরিবা নুংশিবা পুম্নমক ইশুদা।

ইশু নঙবু চাউরোনে
পুপুনা পাজল কল্লিঙৈ
সনাগী কৈরাক থারমগে
পুপুনা খৌনা হাপ্লগে
নঙনা শাগে কন্নবা
যুমগী লৈতেং ওইনবা
কম্মু পুপুগী নজন্দা
নাওশুম ঈশৈনা নাওথেমগে।

পুল্লবনি ইশুগী মীনোক্লা
চিংদুনা পুরি পুনিংবা মায়কৈদা
ঐগী খোজুলদি ইশুনি
ইশুদা য়াওরিবনি ঐ লোৎতুনা।

ঐহাক্লা হৌফমনি
ইশুনা লোয়নফমনি।

ইশুনা হৌফম ওইবদা
লাক্কনি লোইফম অমসু।

লৈতে লোইফম লোইফমগী।

চঙশিল্লগা অসুম লাপথোকখিনি লোইফমদি
নকশিন নকশিল্লক্লগা তাম্নরক্কনি পুন্সিশিং।

লাপথোকপ্রবা ইথৌগী ইথৌদুগা
অমত্তনি ইফমদদি ইশুগা।

অমখক্তি উরিবসি ইমিৎতা
মপুম ওইরিবা ইশু য়েংলগা খাঙলিবনি
মচেৎনা শীবা অবাবসি।

# য়াথং

মহৌশাগী হৈনৌদু হৌহৌদ্রে !
চংপা য়াদ্রবা লম্বীনা পাকথোরকপদা ।

করিসু তৌবা ঙমদ্রে
অনৌবা নুমিৎ ঙাইদুনা
মরী লৈনরুবা খুদিংমক্কী
থৌশানদ্রবা অপাম্বশিং থিরিঙে ।

য়েক্লিবনি পাদম মশীং খণ্ডদনা লৌরগা
মচুনা হাজিল্লবসু মত্থ্রিবা কেনভাস মথক্তা
কাউথোক্লখ্রবা ঈশিংদা তাহৌবা মমিশিংদুগী অরেপ্পা পুরক্লবা ।

চোকথরবা হকচাংশিংনা খোমজিল্লিবা মমিশিং
ফৈজা শাদুনা পুহনগে মকোকথক্তা
মমিবু করেম্ময়িবী অনৌবীগী ফমজাওদা ।

## শমজিন্নদ্রবা মরী

ঈরৈবাক্কী মিংচৎ থীহন্দবা মচাশিং
লূম্না লৌদে ঈরৈবাক্না।

লমচৎপু শান্নপোৎনি খন্নদুনা
কৈথেলদগী লেপশিল্লকপা লনবুদি
লূম্না লৌই ঈরৈবাক্না।

থম্মোয়গী মরীনা ফাগি তারদুনা
লেপ্তুনা খাইদোক্লরক্লি হৌজিক
লন লৈতবা লৈবাক মচাশিংগা ঈরৈবাক্কা।

# শৈরেং

থানিলগী শৈরেংনা
লংজিল কাঙলি
চূশিন্নদবা যুম্বান্দগী থোরকপা
মশা শোঙ্গরবা রায়েলশিং পামদ্রে হায়বা তাক্লদুনা ।

অনৌবা যুম্বানদা য়াওরকপা
মঙ্গরক্লবা লৈরুম ফি
মৈ থাদোকখ্রে
ঈখৌ লাংলবা থানিলগী খূৎনা
পূক্লীং তিন্নদবা যুম্বানগী অয়াকপা খোঞ্জেলসি তাবা ঙম্লক্লদুনা ।

নোংথাঙ চাম্মরক কূপ্লবসু
ঙাল্লরোইদবা অহিংসিদা
তিনখ্রি মঙালনা ঈথক হৌরদুনা
থানিলগী ফোঙদোক্লিবা শৈরেংশিংদা ।

# ৱাহন্থোক

ইন্ট্রালিঙ্গুএল ট্রান্সলেসন
ইন্টরলিঙ্গুএল ট্রান্সলেসন
ইন্টরসিমিওটিক ট্রান্সলেসন
লৈজবতনি
ঙমদ্রি কিন্নুরবা হকচাংগী ৱাহন্থোক শীবা।

লোংশিনবা হৈবশিংনা লোংশিনখ্রবা ৱারী
খঙলিবসিতা খঙবা ঙম্নবা
কুমথগ্রবনি চাম্মরক অমাংবগী কোমদা।

ৱাহৈগীসু ইলেক্ট্রিফাইদ
ট্রান্সলেসনদসু ট্রান্সপ্লান্ট
মেলোপোয়াদগী ফেনোপোয়ান
মসিনসু পেন্দে
পাম্রিবদি লোগোপিয়ানি
দিরেক্ট মিনিং এন্দ দ প্লে ওভ ৱার্দ ইন ইট্স কন্টেক্স।

হায়ফম তম্ফমগী পংখৈ ৱাংমদা লোংশিনখিবা
অসুম লোংশিল্লগা অরুম অয়াং ওনবা
হৈনবীসিনি
অমসুং
চংনবীসিনি
মসিবু এক্সটেন্দেদ ফোর্ম হায়বদুরা পুন্সিশিংগী।

লোজিকেল কেপাসিটি ওভ হ্যুমেন মাইন্দ
থোরক্লবসু দিপ ষ্ট্রকচর অমসুং সর্ফেস ষ্ট্রকচর
খঙবীদনা লোইখ্রে
পৃক্তি তংলবা তেলঙ্গাগী ৱাহন্থোক তেলঙ্গা কয়ানা।

লোংশিনবা হৈবা দিজাইনরশিং ইকা ঙা ওইনা
পোষ্ট ষ্ট্রকরেলিজমগী থোঙজিন্দা
শেম্রি অনৌবা লৈকোয়-পূং।

খঙহনদবা হৈতবশিংনা
মচেং মচেং কায়দুনা তারি লমজাওদা
দিকনষ্ট্রক্সনগী মীনুংশি ফংবা ঙমদনা
ৱাকচীংগী লীক্লাগুম...।

## লেঙদবা লন

মৈশানা কাথেক্লবা
থীরবা মায়থোঙদা
তুংশিন্দুনা লৈরি পুন্সিগী ফজবশিং।

থোঙজিন্দা লেপ্লগা
খৌরাংনা ঙাইহিরিবীশিংগী
মকে শেম্লীদ্রবা মায়থোঙদুদা
তারিবা মমিদি
মীখা পোনবা হৈনদবগীনি।

হিকথরবা শম্বুলশিংনা
লীরি খারী
তাইনফম খঙদনা
চৈনানা থল্লবা থম্মোয়শিংগী।

হাংদোকপা ঙমদ্রবা কোককী কোকশেংনা
নীংতম্বা পুরক্লি
লায়রবগী চাকথুমদা।

# একলব্য

য়াক্লা শারিবা নুংশাগী মৈশা মরক্তা
মৈজাও হৌরি ঙমজবী থাদুনা, অবাবা শক্লোন লোংশিল্লবা
মখ্বাং য়াইরি মোমোন নোক্লি নোক্লদুনা
চাক্কে য়াওনা চাকখৎলক্লিবা মৈগী মৈনাক্তা
মালেমগী শক্তম লৌদুনা।

লৈচিল ময়াম অমসু পাইরি অৱাংবদা
মশীং খঙদনা হৌহনম্রে নুমিৎ কয়ানি
শক খঙজদ্রিঁঙে শক্তাকফম লৈতনা
য়েংশীনবা লৈত্রবা লৈচিলশিং য়েংবদা।

চীংগী চীংদোন্দা ওইবসু য়াই, ওইদবসু য়াই
পাইরিবদু
উরিবদু
লৈচিলদি লৈচিলনি লোংখ্রিবদু লৈচিল্লক্তা।

চাংয়েংগী ৱাংমদা থাজহন্নবা
লৈতে খঙহনবা য়াবা পান্থে অমত্তা
অকংবা উনি তুদৌরবা
ঙাক্কৌ মান্না য়ুংদুনা লৈরিবসি মনাক্তা।

থুংবীদ্রবা মীনুংশিগী শরুক
চাংয়েংদা ওইবিরবা
চাংয়েংফম ওইরিবা নঙবুদি উই ঐনা
নঙনা পামজবা লৈচিলদু ওইনা।

# লংদাই

অনৌবশিংনা চণ্ডশিল্লকই
ইকাইবা খণ্ডনা
অঙ্গোবা মকুলদা
তং তাবা নৈকম মংহৌনবা।

পুম্মাং মাণ্ডহনখিনবা
হৌরকফম খণ্ডনা অরিবশিং।

শেমদোকই কজবা মগুং ওইনা
মপুম ওলহনবা য়াররোইদবা ফীভমদা
মশা শেংদ্রবা অরিবশিংনা।

# মীরোলসিগী পাউ

থিবগী খোঙচংতা
মিংনা উরিবসিগী বাংমদা
থিরিবনি মহৌশাগী শুম্নাংয়াইদু
অলট্রাভাইওলেট লেম্পনা শংবান্নবা অতিয়াগী মখাদা।

লৈরমগনি শোয়দনা
থিংজিনগ্রবা থোঙজিনগী মকমদা
পোকথায়গদৌরিবা মৈগী চীং মান্না
অহল মালহৌনরবশিংনা
মীরোলসিগী পাউ ঙাইরদুনা।

## চেকশিন থৌরাং

মমিং উইশিনবা নংদনা লোইশ্লবশিংগী মমিংতা য়াওরি
মখোঙ অনী পানবা শাশিংগী ৱারী
অমসুং মখোয়না লোয়খিবগী থৌদোক।

অদুনা

খুমজিনবিরি পাংলিবা মমিংতু
সনা খুদোপ শিবা খুৎশাশিংনা।

# লোয়নরকপগী মহয়

মওং তাদবা কোরৌ নোংজাগী
হৈনীংবা ফাওদবা পুংজাদা
মীতমলকপনি তাইবঙদা।

অপোকপীগী মীংতগী
অশাবা পি শিন্থখি
অহোবা য়ুমথক্তা য়েংলদুনা।

মশীং খঙদ্রবা অঙাংশিং
ফিবুলনা নমদুনা হাংখ্রবী চাবোকপীদুনা
কোল্লগা ঐবু মতম্পাক্তা
ইগাগী চীন্না
ময়াক কল্লবা মিংথৈ শোনবিখি।

তৈরবাই হকচাং পুব্বা
লাইকন্নরবসু খকহনবা ওমদ্রবা পন্নীংদ্রবসিনা।

মালেম লৈশাদসু তিল্লগ্রে
লায়কন্নরবসু খকহনবা ওমদ্রবা পন্নীংদ্রবসিনা।

অদুনা
মনম চেল্লি হকচাংসি
লায়কন্নরবসু খকহনবা ওমদ্রবা পন্নীংদ্রবসিগী।

# তৌজমল

অৱাবা ফোঙদোক্লি মঙলাক্লদ্রবশিংনি খল্লবশিংনা
অচঙবনা লোয়খিবা নুমিৎসিদা
অচঙবগী লেংবান্দা তোংবা মহামশিংগা লোয়ননা।

অচঙবনা তৌজরম্বশিং শিংথারি
মহামশিংনা

অনৌবা মশক লেপহৌনবা
মশাবু
মশাগী ওইনা।

পম্ভুংদু 'সিনি অচঙবগী
মসিগীদমক্লি হোৎনরম্রিবশিংসি
মসিনি থনম্রিবা মরলসু
মসিগীদমক্লি লোইখিবা ঙম্রিবা।

মচেৎ মচেৎ কিম্বুরে মহামশিংনা মুন্নবদা অচঙবশিং।

তেংবাংবিখিদ্রবসু লেনমিন্নরিঙৈ
খঙলবসু য়োকখৎপিখিদ্রবা মৱাখল
কনাসু লৈত্রবসু
ঈশিংতা ওইববসু ইনবিনবা কংশিনখ্রবা চিনবানদা
কৃক কৃক ইন্নে ঙসিদি
অচঙবনা চৎখিবা অরোইবা লম্বীদা
মীৎকুপসিদা খঙলকপা অঙানবা মশেক ওইনা।

# শিঙ্লা

লাইওইরবা খোংনাং মখোঙগী মৈসি
মশাগী য়াইফনবতা খনবশিংনা থাল্লম্বনি।

নোংমনখ্রবা পাথৌশিংগী মোংফমগী মৈসি
নোংমদি শোয়না পোকখায়রক্লগদবা
পোকখায়গদৌরবা মৈগী চীং মানবশিংনা থাল্লম্বনি।

অন্দ্রোগী য়ূমজাওদা মুৎত্রিবা মৈসি
শিঙ্লা হিক্তোক্তবননি খুঞ্জাশিংনা।

## মীথিন চৈ

থাউ থোক্লা চাকথেক্লবা
মৈথক্তা লৈরিবা মীদুদা
ফাওরেং লেংশিল্লি মীথিন চৈনা
হেন্না কন্না চাকথেকহল্লগা
উং ওন্দুনা তুমখিনবা।

## লৈচিলদা পনবা

মকোক ঙাওরে
অরিববু নাওকোনজরিবশিং
লেননা মশা ফৃদৎপীরবা উরিৎ মচাশিংগী হাঙলবা মহুমদা।

মাইবীগী লাইফাও থাজদুনা
চোংখৎপদা অতিয়া তম্না
পনখ্রে লৈচিলদা অরিবশিং।

# লৌঙাকপগী লৌশঙ

শৈরেং মানবা ৱারী অমা
ৱারী মানবা শৈরেং ওনখ্রে।

ঈশৈ মানবা খোঞ্জেল খরা
খোঞ্জেল য়াওদবা ঈশৈ ওনখ্রে
মতমগী ঈচেলদা।

মঙাল য়াওদবা নোংথাঙশিং
চানবা শিনফম ফংনবা চৎলি
নাইতোম তারবা লৌঙাকপগী লৌশঙ তম্না।

# মশান্না

অৱাংবদগী অনেম্বদা য়েংথবসি
খ্বাইদগী নুংঙাইবা মশান্না অমনি। অদুননি মী চিনখ্রবা কৈথেলগী
ময়াইমক্তদা য়ুম কয়ানা ৱাংবা তান্নরিবা।

ৱাংবা তান্নরিবা য়ুমশিংগী মনুংদা নিংথৌসু লৈ। মীনাইসু লৈ
অদুগা ঙাইহাক্তংগী চঙজফম লৌরিবা মীশিংসু। তৌহৈদবা
হায়বদুসু লৈতে, মফমসিদদি ফজবা অমসুং চৎনবীনা থন্ন থম্রি
খুৎশেম্না। য়ুমসিদা লৈরম্বা খুদিংমক্কী মফমদা কোক নোম্দুনা
চঙখি ঐখোয়গী শক্তি পায়রিবশিংসু।

# শীজিন্নবা ওমদ্রবা থম্মোয়

(১)

থাংজ তরেংনা শাবা থাঙ চীক্তবসু
ঝাশকপ্লবনি
কোবী হঙ্গামদা খাজিল্লিবা শম্বলসি শীদোক্লবা।

মখোঙ পান্দবা কোবী হঙ্গামদা শম্বল খাবননি
মীওইবনা ফজফম লৈত্রিবসি।

(২)

ময়ূমদা হল্লমদাই ওইবননি নাকেম্থানা
চাইথবস্রিবা অরৈবা উনা পূম্নমক।

মাঙজৌননা ময়ূমদা হনখ্রবশিংনসু
খোমজিন্দুনা পুখিদে অকংবা উনাশিং
থেংনগদবশিংদা খুদোলপোৎ ওইনা পীনবা।

অকংবা উনাশিং হন্দোক্লগা
হন্নখ্রিবশিংসি উবদা নাকেম্থানা
হন্নীংবা ফাওদ্রে ইযুমদা।

(৩)

নোংথাঙনা নোকই
মমশিল্লক্রবা চীংশাং নাপোমশিংদা
মীথানস্রবশিংগী অপনবা য়াওদবা ৱাঙাঙ তাবদা।

নোংথাঙনা নীং তস্রি
করিস্রু লৈত্রবশিংনা নাখোঙুনা তূম্বা উরগা।

নোংথাঙনা নাপল কারি
অতিয়াগা মখোয়গী মঙালগা শম্নখিবদা।

শোইনাইরবশিংনা লোনশিল্লি মীহুৎথোঙশিং
নোংথাঙগী মঙাল ফাওজিল্লক্তনবা।

(৪)

খম্বা ওইনীংই
নোংবানগা মায়োক্লনবা।

(৫)

মালেম নঙগী কল্লবা চিংশিনবগী লীচিংনা
করিগী চিংশিল্লিবনো
অইংবা থাজবু মালেম ওইনা
থাজগুম ইংম্নবা মালেম।

# খোয়দৌব্রা

খুনাং চাদ্রিবা অয়ুক্না
ঈশৈ শকহল্লি উচেকশিংদা

অদুগা

অকুৎপা মফম খৃদিংমক্তা
চেৎতবা লৈরায়শিং নমখায়দুনা
চেনশিল্লক্লি
অনৈবা ঈশিংনা অরূবা ঈশিংগা মরুপ শান্নরদুনা।

অকুৎপদা লৈরম্বশিংনসু কুমথরি ঈশিংদা
ঈরাক্লবনা খ্বায়দগী পামজবা খোয়দৌব্রা ওইনা।

## তুংগীদমক

শীদোক্লগা অমনবা য়ূমসি
শারবনি ফঙ্কাং খাদবা অনৌবা য়ূম অমা।

য়ূমসিদা য়োক্কনি
মপুগী লৈতোন লেক্লোইদবা হৃই অমখক।

# লফু পাম্বী

লফু মখোঙদগী কাঙশিং পাইথোকখ্রি অমম্বদা। লায়ববশিংগী চেৎতবা পৌরোন নমখায়রুনবা। ষন্নাও অমনা চঙলক্কুনা কুম্থখ্রি লফু মখোঙদা। লফুনা শরেপ তাল্লি অমম্বগা শীংনরদুনা। অঙানবদা থাঙ পায়রগা লাক্কদৌরিবশিংদু খূৎ হাঙলগা হনখিদনবা।

## মমল ঙাইবা

মাঙখ্রে লেঙদনা লৈরম্বা ব্রা ঙাঙদবশিং
শকখঙদ্রিবা খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা।

নাকপাক তানরক্লে
ব্রাঙাঙ কমজাও হুনবশিং
মাঙখ্রবশিংগী হৌফম লৈফম হংলকপদা।

থৌরাং তৌরি
ব্রাঙাঙ হৈবশিংনা
অঙৌবা ফি মখুৎনা পায়দুনা
মাঙখ্রবশিংবু শৈথারগা
হাঙদুনা লৈরিবা লৈঙাকপগী তাঙবলসি মেনশিন্ননবা।

# মীগী মমল

(১)

কোনশেং অমত্তা পুথোকপা ঙমদ্রবসু
লৈবাক লৈহাওসিদগী তরু তশেংনা
ঙম্রি পুথোকপা শিংজুবুদি
লৈবাকসিগী অশেংবা লন ওইনা।

(২)

ঈশিং ঈচাও নংত্রগা বন্দনা নংত্রগা মরম অমনা
পোৎকী মমল হেনগৎহল্লবসু
নোংমতা ওইরবসু হেনগৎহনবা ঙমদে মীগী মমল।

(৩)

মফোল থোক্রবা লম্বী
মপুন মপুন পুন্দুনা থম্রিবা অকংবা শীং
ইচন নুপীগী শেগায়রবা লাইখিবী
ৱারী লীরি মনা পান্দবশিংদা।

# লাপথোক্লবসু

লাপথোক্লমদ্রগদি খঙদনা লোইখ্রগদবনি
পি য়াওহনবা ঙমদ্রবা মীকপসি
য়েন্নীং হুন্দ্রবা উমংদা।

নোংশাদা নাউশুম ঈশৈনা নাওথেম্বা
পামদ্রদুনা পি তৈথোক্লবা থাঙ্গৎপা ইপাম্বোম
চোকথরদুনা চুহী য়াওদ্রবা চুবা শাইবদা খজাইসি,
খূৎ থেক্তুনা ঙাইহিরিবনি
অখাঙ কল্লি হায়ননবা মরী-মতা থোক্লবশিংনা।

অনৌবা ইপোক নুমিৎ অমগী মীচঙ খোগ্রি
ঐগী ওগষ্টনা অনৌবা ওগষ্ট অমা লাক্লবা।

মশা পূম্বা তৈশিল্লি য়ৌরক্লিবা ওগষ্টনা অমুবা মচু
অদুগা
ইরি অঙাঙবা মুক মানবা করিনো তাক্লিংদবা অমনা
নত্তে পান্ত্রিবদি হীংমিন্নদবা
নত্তে ঙাইহিরিবসি মীমান্নদবা
পান্ত্রিবদি ইমানি
ইমাবু থিরিবনি লাপথোরক্লিবসি ইমাদগী।

# লুহোঙ ফান

ফিট তৌশিল্লি
পুবা ব্লারবা কোকশিং
কেন্সর পক্লবা গনতন্ত্রগী লুহোঙ ফানদা।

# লাপথোক্লখিবা

অহিংবশিং
চিরোল তৌনরি
থব্রায় মশেল কোনশিন্নদুনা।

চৎমিন্নরি
অহিংবশিং মশক ওম্থোক্তুনা।

চৎমিন্নদে
অহিংবগা অশিবগা।

রাজৈ
অশিবগীদমক অহিংবনা।

কপ্লি অহিংবনা
তেংথা নাওইদুনা
অশিববু হিঙ্গৎহন্নীংবগী মীহুন হুল্লদুনা।
অপাম্বা ফোঙদোক্তে
অহিংবগী শাজৎতা অশিবনা,

অদুনা

লাপথোক্লখি
য়াম্লা থাম্লা
অহিংবগা অশিবগা।

শেমখি
অশিবা ময়াম হৌনদুনা
অশিবগী লৈবাক মথং মথং।

লফু মখোঙদগী কাঙশিং পাইখোকখ্রি অমম্বদা। লায়রবশিংগী চেংঙবা পৌরোন শমখায়রক্লনবা। যদ্রাও অমনা চঙলকুনা কুম্হত্রি লফু মখোঙদা। লফুনা শরেপ তান্নি অমম্বগা শীংনরদুনা। অঙানবদা থাঙ পায়বগা লাকপৌরিবশিংদু খুং হাঙলগা হনখিদনবা।

*Printed & Published by*

***Rajen Khumukcham***
***Managing Director***
***Rinda Library & Preservation Foundation***
***Sagolband Khamnam Leirak***
***Imphal West 795001 Manipur***

---

Rs 75/-